# ব্রাইকুপ্ পুবী

*ঐগী ব্রাইকুপ্ পুবীদী অদুগুৈ দোনাই তোংবীগীদমক্ ব্রাজখীবী ব্রাখল্দা শদৌ খোংজবীদূ নত্তে। লৈথোক্পা য়াদনা নক্লত্তবী, থম্মোয়্ মৈশা নাংলবী পাক্কল্ ময়েং তারবীনী।*

*তাবা তাদবা সুম্ নাউজবনী। থম্মোয়্ অশীংননা, তাখীদ্রবা উখীদ্রবশিংবু তাহন্ উহক্সরুনবগী মতীক্সু লৈতে। ওম্খীবশিংবু জিনিয়স্নী হায়্। মরায়্বক্ খীবশিংনা মীখী চাদনা শিখী। অসুম্না কপ্চৈ ব্রাইকুপ্ পুবীনা।*

***WAIKUP PUBEE***
( An anthology of Manipuri poems
of O. Shyamananda Singh )



*first published :*
***Eenga Thanin** (Snan Yatra),*
23rd June, 2013.

*publisher*

**LEIMA PUBLICATIONS**
Thangmeiband, Hijam Leikai,
Imphal West, Manipur.

*printed at*
**O PRINTOGRAPH,**
M.G. Avenue, Imphal.

*cover photo :*
A portion of picture taken out
from the protrait of **Shri Y. Ibochouba Singh**

*Price:*
Rs. 100/-

# অইবগী ৱারোল্

ঐগী শৈরেং লাইরিক্ অসী পাম্জরুবমক্তনা ঙাওদুনা লাঙ্জখিবনী, তৌনা তৌনদবা খঙ্জদনা, ফজবগী মপাল্ নাইদ্রবা সাহিত্যগী ঈপাক্তা ইপং পংনা চোংথজবনী, ঈশিং পীক্ থগ্না থক্লনা ঈরাক্লবসু খঙ্বা নত্তে।

অঙাঙ্ ইন্খৎলক্পনা স্কুল্ কোলেজগী মেগাজিন্ পারুরগা পংই ইবগুম্ ঐস্ অঙাঙ্ ওইরিঙৈ ইনা তৌজখী। মতম্দুগী কোলেজদা, সাহিত্য ওন্নীখিবা ওঝাশিংদুগী মতাক্ মখুন্ অমসুং মতম্দুগী সাহিত্যগী ছাত্র ওইখিবা ঐগী মরূপ্ মপাংশিংদুগী প্রতিভা, মখোয়্গী ফজবা অদুনা ঐবুসু খরদং ঙাওহল্লম্বা ওই, অসুম্না মতম্দুদা খরগা অমুক্ ইজখী।

ঙসী, চাউরাক্লা চহী ৪০ রোম্গী তুংদা, ইঙাও ঙাওরক্লে। মতম্ শাংনা করিনো করিনো খঙ্জরুদ্রবা মণীপুরী সাহিত্যগী ঈপাক্সীদা ঐনা চঙ্জরক্পনী। ঐগীসী পাবদী পাহঞ্জনীংই, কিনসু কিঞ্জে। অপাবশিংনা অখঙ্ অহৈশিংনা ঙাক্পীগনী।

অমা

# নোংমদু ঙাইরি

ঙসিদী,
তাও নখোয়্
ঈমা পাঙ্খোইবী, তাও।

তাও মালেম্, তে নোংমদোল্ নঙ্সু তাও,
অমম্বা চীংনুংগী ঈরাউখোল্,
নুং লৈতঙ্গায়্, মালেম্ লৈমায়্দা,
নৈথেক্পগী, খিন্দৎপগী, ঈরাওখোল্।
ঈরৈদুদা, অপীক্পা ঈশিংগী ডাবাশিংদু,
মতেক্ মতেক্ তেক্খিবনী, মতেক্ মতেক্।
পুথত্রবনী, নোইহংত্রবনী,
পাম্বী, পামেল্, কয়া কয়া,
য়াম্থ য়াম্থ হৌজবা, পৈরপ্ লাক্লপ্ হিংজবা।

শাথীবা চৈফ্না লাক্লীনব্রবনী ঈরৈশিংদুদা,
অরীবা নৈরায়শীং, তোরৈ তুথেক্ কয়াগী।

ওহ! হে নাপঙ্বা কোরৌ নোংমদোল্!
হে নোংপোক্ নিংথৌ পাঙ্গল্বা!
উদবরা?
নথোয় শুক্উমক্ উদবরা?
ফরে, ইকাই ফীরূক্ খুন্নীবা, খাবা নঙদী,
নঙ্দী কৈদৌরী?
নঙ্দী কৈদৌরী?

নকাদগী মুন্বীখ্রবা নশানৌদ্,
লৌ, মুন্দুনা লৌ অমূক্।
খুম্মূ, নঙ্বু হল্লাল্লব্গী লম্মন্দ্ খুম্মূ,
পান্থোইবীদা, তম্ফা রাঙ্ঙল্লোন্দা,
নোংপোক্ নিংথৌদা,
ঐখোয় পেন্গে, অমুক্তং পেন্গে।

খাইরম্বন্ সনা কৈথেল্ মক্তদা,
শুমজীৎ য়াংকোক্ য়াম্দুনা,
মকোক্ শুনু য়াইঙঙ্ তৈদুনা,
খোঙ্গোয়্নব্রবনী, কৈথেল্ লাইরেম্বী,
মখাঙ্ কোঙ্গোয় হক্তুনা চিংখ্রবনী ।

মতম্দুদা,
থাঙ্গাল্ বাজার, পাউনা বাজার,
টিকেন্দ্রজীৎ পার্কতা,
অয়োক্পা হুয়্গুম্,
মখোয়্, ভূস্মীন্ তূস্মীন্ ফম্হৌবনী।

মতম্‌সিদা,
তাবা হায়্‌বমক্তবু - -
মাইক্তা খোংলক্‌পা ঈশৈ,
খবরদা, রেডিওদা,
লৌ উবগী, লৈবাক্‌ শেম্বগী, মী শেম্বগী,
শেম্বগী মখোল্‌,
শেম্বগী মখোল্‌শিং ।
অদুগা করিসু উদবা,
উবা হায়্‌বমক্তবু,
সুপ্পগী ডান্স কোলেজদা- -
মৈতৈ নুপীশিংনা,
মখোৎ কারক্‌পী লৈশাবীশিংনা,
মরক্‌ মরক্তা,
কেন কেনকা জগোয়্‌ শাবা,
কেহন্‌ কেহন্‌ শাহন্‌বা ।

মশম্‌ খাক্‌পা পাখৌশিংগী লান্‌জঙ্‌,
শগোল্‌ পাউ, মোরোক্‌ পাউ, মৈরা পাউ,
শুম্‌ ময়াম্‌ নুংঙাইনবা, পঙ্‌নুঙ্‌ নুংঙাইনবা ।
ঈশিং নুংশিৎ,
ইষ্ট পোল্‌, রেষ্ট পোল্‌ অনীগী থৌরী চিংনবীদা,
থবাক্‌ চিংখায়্‌রক্‌পনী ।
অদুগা খোইরেন্তাক্তা,
লাইবক্‌ চাউবী কুঞ্জমালা - -
মপাং কনা য়াওদা,
পেরুক্‌ থিবা লাক্‌চবা,
পোত্তবী মমাগী শরৈদা,
হীক্রা হীক্রা কপ্‌চবী,
পাম্বা শক্তম্‌ উবদা ।

অচাউরম্লা লাক্হৎতুনা,
কাওথেক্লবনী মখোয় মশেল্,
অৱায়্বা খরা শেৎল চারগা,
অৱায়্বা খরা তৈর ইল্লগা,
মখোয় কলেজা ফৃদেক্লবনী ।
অৱায়্বা মীবৃক্, অৱায়্বা লোঙ্খৃম্,
অৱায়্বা মীচীন্, হৃক্চীন্ পাঙ্গীল্লগা,
মখোয় মশেল্ শেগায়্নরক্পনী,
মখোয় মশেল্ শায়্গায়্নরক্পনী ।
অদুগা করিসু করিসু খন্নদবা
করিসু করিসু তিন্নদবা ।

লাইবক্ চাউবী !
আ: থম্মোয়সী পুঙঙ্লক্লে্দা ।
হে ঈরাংলোন্ কোনু,
নপাম্ মৈহৌরে, খাঙ্গী মৈকল্লরোলাউ,
খুমন্ মতাং নঙ্ঙেকো, নোংদম্ থীবী ।

অদুবু,
করিসু নঙমাল্লে হায়্না,
তুম্মিন্ লেপ্লুনা মমাবু য়েংলিবা,
পীক্লিবা অঙাংদু নোংমদী চাউরক্কনী,
মহাক্কদী খঙ্লক্কনী ।

নংত্রগা,
খাবা নঙ্ লম্মন্ খুম্মু হল্লাল্লম্বগী,
খৃৎতৈ মায়তৈনৌ নপৃক্ পেন্না,
'সি মঙায়রে পেংগদবা । ।।

তাং ২৮।১।১৯৭৫ ইং

*অনী*

# হায়্য়ু জগোয়্ শাবী

হায়্য়ু জগোয়্ শাবী,
খতু তরক্কী ঈপোম্বু শিঙ্নদুনা,
ঈশিং চাইবীগী,
চাইখায়্রবা হীরা মরক্তগী থোক্লকপা,
ইঙ্লবা মঙাল্শিংদুবু শিঙ্নরদুনা,
নঙ্গী উন্থুম্ লংলবা,
চরৈ মরুম্গী হক্চাংবু ঈথক্ হৌহন্বা,
ৈলনা অহুম্গী লৈকা হাংদুনা,
শিঙ্ঙেল্ লৈরাং শাৎকায়্হন্বা।

অদুগা অমুক্রা,
    য়াক্লবা যন্ত্রগী মখোল্ মরক্তা,
    শক্লকপা নঙ্গী,
    নুংশিরবা, মেঙ্লবা, ময়ায়্ কাবা ঈশৈদো

হে চান্নথোইবী !

নহাক্ খন্বীবরা, থম্মোয়্গী প্রেয়সী,
অয়েংবা ঐগীদমক্ ?

অমুক্তা,

অতল্লা, অথুবা,
য়ান্নবা তান্দা,
নহাক্তা শাখীবা জগোয়্,
চরৈ থোংদ্রবা, শাংদানবা ভৌরবা পাম্বোম্ অনীনা,
মালং ঈথক্তা ঈপোম্ হৌহন্বা ।

অদুগা,

পাক্লবা থম্বাল্ চান্মনিশাল্গী
মচু মমেল্না হৎলবা কাপেট্ মথক্তা,
নঙ্না চোংবগী, ঈনোৎ পীবগী - -
নুঙ্গা শদৌ থোংলক্পা,
থবাক্কী লৈরাংনা
অনেম্ অৱাঙ্ নাইরক্পা,
নঙ্গী থোৎলবা নখুয়া থম্বাল্দা
অরংবা ঈরীক্ পক্লক্পা ।

তা ওনে জগোয়্ শাবী ,
নঙ্গী স্বর্গগী অপরাজীতাদগীসু হেল্লবী,
নিশাগী ঈরীক্তা চোৎলবা,
মোল্লবা নখুয়া থম্বাল্দা,
উফুল্ মরীক্ মরীক্তা নপ্লীবা
কয়াদা থম্মোয়্ হূখ্রবা !

অদুবু হে নটনী,
নঙগী খোঙনেৎ খোঙথাঙ খুদীংগীনে চান্নবী,
পাইশিন্দুনা নপশিঞ্জরক্লিবা পীক্লবা নৈরীক্‌শিংসে .

হায়য়ু,
নহাক্ কম্‌দৌবগে ?
করি খন্‌বগে ?
নবৃয়াদা তিঞ্জরবিবা মখোয়্‌সে নুংশিদরনে ?
হায়য়ু জগোয় শাবী
হায়য়ু
নহাক্লা মখোয়্‌বু কদায় তান্না পুগে খল্লীবা ।
[ ]

তাং ২১/১/১৯৭৬ ইং

অহুম্

# লাইবক্

ঐন্য ঙসি নিংশীংলিবদী - -
অয়ুক্ নুমিৎ চুপ্পা থবক্ শৃজরুরবা,
হৌখীবা নোংজুগী অহীংদুসু,
মমীৎ কক্লা অমত্তসু উইশিন্‌বা ফংজখিদ্রবা,
তোম্লবা গাড়ীঝালাদুনা,
হাইফেত্তং উইরোল্ তৌজরিঙৈদা
গাড়ী মমায় নৈথোক্‌পিখীবদুনী - -
মশক্ থীদ্রবা, মপূক্ ফৎখীদ্রবা,
কোৎচাবা হিংচাবদুনা ।

[ ]

*তাং ২৬/১০/১৯৭৪ ইং*

মরি
# ইতিহাস

মীহাৎপৃংদা - -

অকোয়্বদু, নুপী, অঙাঙ্, অহল্ - - মীয়াম্ - -
লোইনমক্ ঙম্নমক্ য়েংলী ।
অঙৌবা ফীজোল্ শেৎচিল্লবা থাঙ্পাক্ পায়্বশিংনা
ফিম্ন শেৎচিন্‌বীরবা বন্দীশিংদু চিংশিল্লক্লে
মখোয়্ চোং ফন্দুনা কপ্পী
মথ্বায়্ কন্‌বীয়্নু তেংথারী ।
য়েংহৈবা নঙে, য়েংহৈবা নঙ্ভেকো ।
কৃষ্ণ, লীরুং পায়্বা রাম্,
যীশু, মহম্মদ্, মঙক্ তোঙান্ তাহল্লে ।
বুদ্ধ, মহাবীর, চৈতণ্য, গুরু ঙম্মা মকোক্ কেন্দ্রে ।
ঈঙাঙ্ পাক্তকুরে, ঈম্ন পান্‌ফেয়্নরে ।
থাঙ্পাক্ পায়্বা ফীঙৌ খোঙ্জাল্লবা মখোয়্ -
হরাউনা নোক্লে ।

মীয়াম্দী - -

অদুম্ য়েংলী,

অদুম্মক্ ফন্নী,

মানা মানা থোক্পা অদুম্মক্ তৌনৈ ।

শকুন্তলা - -

কায়্না মৈনা চাক্লে, দুষন্তনা কাউথোক্পীরে,

ঙা ফাবা ডুন্নসু,

খুদোপ্তু সনা সূবদা কায়্থোক্লে,

- - চেঙ্গীদমক্ ।

অদুদগীদি থংনবা মীৎকুপ্তা,

মীহাৎপুঙ্দা তারিবা উফুল্শিংদুনী - -

লৈফূল্ অমমম্না, চাউরবা, তম্থীরবা দৈত্য অমমম্,

অদুদগীদি,

যাদুগী মন্ত্র কায়্রবা দৈত্য ময়াম্দু ফুনরেদনা,

অদু গা,

মখোয় মীয়াম্সু ঙম্না ফুনরেদনা মীচঙ্ চঙনদুনা ।

তাম্নকুগী হেক্ মমাঙমক্তদা,

যেশোন্ না গোল্দন্ ফ্লিস্ তুদী হূদুনা পুল্লে ।

তান্নকুরনু তূম্গন্বা চীংলায় নঙ্সূ ।

ডাইরীগী ইদ্রিবা, থংনবা চেনাদা ঐনা ইসিল্লে - -

- - মখোয় হাৎখ্রে ।

মখোয়্নদী খঙ্দ্রী ।

গোল্দন্ ফ্লিস্ তুসূ হূখ্রে ।

শকুন্তলাগী সনাগী খুদোপ্সূ কায়্থোক্খ্রে ।

যাদুগী মন্ত্র কায়্রে ।

অদুবু মখোয়্দী খঙ্দ্রী,

অদুবু মখোয়্দী খঙ্দ্রী । [·] তাং ৩/১/১৯৭৩ ইং

*মঙা*

# হোংলিবা ঋতুসে অমুক্তদি য়েংলম্খো

তাখোনে অপান্বী,
নঙ্দী হাইদোক্লুনা তেক্তমক চৎখী,
শাউখীনু ঈশাক্কা ফম্নখোনে ।

য়েংউনে,
মপাং মপাং লৈনম্দা ঙাওনরিসে লৈকোন্দা,
কুম্গী নোংনা মালেম্দা খীক্লিবা,
লৈরাংনা লৈপান্দা ফৃগায়্না শাৎলিবা,
অদুগা চোক্থরবী কনাগুম্বীনা - -
মশাবীগী মফম্দা অশাউবা উৎলিসে ।

উদবরা অপাম্বী,
নত্তেনে নঙ্বু, থম্মোয়্গী চান্নবী,
তূন্নবরা,
কংলবা ঐগী মীৎকুপ্কী তম্পাক্সিদা,
য়াদবনা ঐদী,
হৌগৎতুনা চৎলনী
কুম্গী নোংহৌ লেপ্খীবগা ।

নঙ্গী থোৎলবা হক্চাংদুবু
ঐদী অমুক্ কোল্লরোই,
অদুবুনে, নহাক্ অমুক্তদী হৌগৎখো,
নহাক্ অমুক্ত দী হৌগৎখো

তরুবী মীৎন্নাদু অমুক্তদী পাঙ্গলম্খো,
হোৎলবা খত্নসে অমুক্তদি য়েংলম্খো

১৯৭৪ ইং
*(Courtesy : "**Ritu**", Cultural Forum, Manipur )*

*তরুক্*

# মাঙ্খ্রবদা

লৈনম্ মাঙ্খ্রবী লৈরাং নঙ্না,
শাৎনিঙ্লুবগী করি অমুক্ কান্ননী,
থাবল্গী ঈপোম্সু হৌরনু থাজ,
ব্রাররবীনী পোত্থাজক্করো নঙ্বু,
নোংচূপ্ চীংয়াঙ্দা ।

ওহঃ কয়াদা নুংঙাইনা শান্নমীন্নরম্ব্রবা,
পুল্লপ্ পুল্লপ্ অপীক্পা অঙাঙ্শিংনা,
ব্রাখল্সু অমত্তা ওইবা,
থম্মোয়্সূ অমত্তা ওইবা ।

অদুবু, তোঙান্ তানরক্কবনিকো,
ঈচেল্সীনা ঈপাক্ নক্ষীল্ নক্ষীল্লক্,
ওহঃ ব্রাহৈ অমগা, থম্মোয় অমগা,
মীংলৈ অমগা, নারৈ অমগা ।

সীরনে মোহিনী নঙ্গী ফজবা হায়দুবু,
অমত্তসু নিঙ্শীংনদবা, অমত্তসু
নিঙ্শীংবগী শক্তি অমত্তসু লৈনদবা ।

তাং ২/১০/১৯৭৪ ইং

অরেৎ

## মান্নহল্লূ

চীং কক্পদা,
থন্নায়্গী থৌরী হাইবী তোংলিবা কুলীশীং,
মখোয়্গী গয়ন্তীনা, য়োৎশূক্লা,
ঙন্নবা চীংমায়্দা য়ৈশীন্বগী - -
তম্থীবা, তাহৈদ্রবা মখোল্ মরক্তা থোক্লক্পা,
মেঙ্লবা নুংশিরবা খোঞ্জেল্দুমতনী,
অরোন্বা অইঙ্বা কানুংদা,
ফজবীশিংনা থৌগল্লিবা মহাজোন্দুনা তারিবদী

লুপা খাউ পুদুনা চেল্লক্পা মাসূ,
সনা খাউ খুদি থীখীবনী ।

অদুগা,
তোল্লবা জতায়ু,
নুপী হুবা রাবন্না মশা কক্থেক্পিখী ।
কনা লৈত্রবা, পীক্লিবা মচা থাক্চরিবা,
মতোং য়াওদ্রবা অহল্দুস্,
চীংমায়্না নম্দুনা শিখিবনী ।

অদুগা,
ইনাক্  খুন্বনা মরল্ মংপীত্রবা লায়্রবদুতনী - -
কোর্টনা মপুঙ্গীগী জেল্দা থাজীন্খীখীবনা ।
অমুক্তদী পীয়ু মখোয়্দস্ খুদোংচাবদু,
তোল্লবা তীল্দুবু থদংলগা খোইচাক্ থাদুনা,
মরাইবক্ থীরবশীংগী,
মখৌরীদা লেংথংপগী কুম্মৈদু তোক্লো ।
অসুম্ অসুম্ য়ৈশীন্খিবা, অসুম্ অসুম্ - -
অসুম্ অসুম্মক্ রাংখংখিবা, অসুম্ অসুম্ - -
হে নোংমদোন্ !
হে মালেম্ !
নবাগ্নী অমুক্তদী চপ্শীল্লক্উগবা !

। ।

তাং ২৭/১২/১৯৭৪ ইং

*নিপান্*

# চৈরাউবা নুমীৎ

মেঙ্লবা অয়ুক্কী,
ঙাঙ্গানবা কোরৌগী মশেক্কা লোয়্ননা,
থোরক্পা - -
ফেংদোক্ চাম্থোক্পগী খোম্থাঙ্,
খোম্থাঙ্ চাম্ম- চাম্মগী মনুঙ্দা,
ইঙ্লবা য়েন্নীংথাগী - -
নৌরবা ঈশৈদুনী, থম্মোয় শুগ্নীবা ।

মালেম্দা ৱাক্চীংগী উল্লেন্ ৱীক্রম্দাই থৃদিঙ্
অহান্বা কুম্গী নোংখোংনা - -
- - নিল্হল্লম্বনী, পঙ্থরবা মালেম্সু,
নিঙ্শীংহন্বনিকো ।

চেক্লাচা নখোয়্দী খঙ্বরা - -
নখোয়্গী শৈহেক্তা,
য়াওবরা অহোংবগী শেংলবা বা,
অয়ুক্ নুংথিল্ অনী খূদীং,
অমম্ অঙাল্ শিন্নরম্দাই খূদীং,
হায়্য়ুনে করি ফাওবগে ?

ঙসিদী,
কংলবা থম্মোয়্সীদা - -
হৌরক্ই অনৌবা মরোল্ অমা,
হায়্য়ু,
মসীবু অনৌবগী খূদন্না ?
থম্মোয়্ য়েন্নীং হল্লক্লবরা ?
খঙ্হৌদ্রেদো - -
রাক্চীংগী নোংদী খীক্ত্রবরা ।
☐
তাং ১৩।৪।১৯৭৬ ইং

*মাপন্*

# কায়্নরম্দাই মীৎকৃপ্তা

মোহিংনী - -
কপ্লীবরা,
করিগীনো নদোম্ চীক্পক্লনা লেপ্লিবা,
লাক্খো,
ঙসি কায়্নরম্দাই মীৎকুপ্সিদা,
শামিন্নখিসী অৱা নুংঙাই ৱারী নঙ্ ঐগী,
য়েংউ, চীংয়া চীংদোল্ তাল্লক্লবা শিথরক্লিবা থাজসে,
মুসিনা, অপীক্পা মকোয়্ উরিসে, তনিক্ তনিক্লা,
নোংদোল্ লীক্লাসূ খীক্লক্লনী,
তাংলৌসে কয়াদা লৈশীন্খ্রবা ।
থরোগুম্বী মৈশা লাংলিবী নহাক্পুনে চান্নবী,
অহীংগী মতম্ লেন্খীবগা
কনাগুম্বগীদী, থম্মোয়্ পেন্নরনী ।

নিঙশীংলিবরা নঙ্বু,
থাবল্ ফরবা অহীং কয়াগী, থম্মোয় মিহুন্ ।
নঙ্গী নপাউ, ঐগী ঈপাউ,
নঙ্গী ঐগী থম্মোয়্গী নুংশি ৱাশক্,
ঙম্না হৌব্রেদো, অদুবু - -
থাবল্গী মঙাল্দা অমুক্ ফম্মিন্নরবীনী নঙ্ ঐ ।

মোহিনী - -
মালেম্সে নঙ্ ঐতগী,
নঙ্ ঐতগী ইঙ্লবা থাবল্ শন্বীবনী,
শাৎবীবনী, অহীংগী লৈরাং কয়া ঈবান্নীতগী ।
অদুবু,
অমুক্ নৌনা পান্খৎলক্লিবা থাজসে,
বঙ্দেদো লৈচীল্ নোংফাইনকা কুপ্পদ্রা,
মালেম্ শীন্নকা মন্নদ্রা ।

ফরে,
চৎলোকো মোহিনী,
ঐসু চৎলগে, তাংলৌসে লৈখ্রেদো,
কায়নরম্দাই মীৎকুপ্সিদা ।

কদাই,
নঙ্গী শিন্থরিবা পিরাংদো অমুক্তা তৈথোক্কে,
খুৎতা চোৎলকপা পিরাং ঈরীক্সে, মোহিনী - -
'শুম্মক্ ঐগী খুৎতা কংজসনু ।

অদুগা মোহিনী,
থবাক্কী মিহুন্সে নম্মূদো
কয়াদা খোঙ্জেল্ থুনা হুল্লিবা
ঙসি কায়নরম্দাই মীৎকুপ্সিদা নঙ্ ঐগী ।
❒
তাং ৫/১/১৯৭৪ ইং

*তরা*

# থাবল্ মঙাল্ শাম্খ্রবদা

য়েংউদো নুংশিথোইবী,
মালেম্ থুংনা শীল্লবা
লম্তাগী মবুক্ তপ্পী থাবল্সে,
কয়াদা ইঙ্খ্রবনো !

অদুগা তাওনসে,
অরাপ্পদগী, থম্মোয় হূবা থাবল্ ঈশৈ,
মফম্দুদা,
পুক্কীগী মহাওতনা থল্লবা,
লৈরাংগী লৈনম্তনা হারবা,
মখোয়না - -
খুৎকা খুৎকা পায়নরদুনা,
ঈপোম্ হৌবা পুঙ্লোন্দা নেৎতুনা,
থাবল্ জগোয় শারম্‌গনী।

থাজবরা, ঐনা অসুম্নকা হায়রক্কনী হায়বা,
অদুবু থোক্করেদোসে,
নফম্‌দা নাউথীতা শাজরম্বা,
মোল্লবা নফৈবাক্তা কোক্‌শী থম্‌দুনা,
হীপ্‌চরগতা পেঞ্জরম্বা,
থাবল্ ফবা অহীং কয়া মীৎচানরল্লগা,
ইশি শিনা তৃম্‌থনখীবদো ।

লাংওন্‌সীমগী কায়্‌নরসীকো চান্নবী,
ঐদি চৎলগেকো ।
কয়াদগী মেক্কবনো - -
নঙগী অদুঙৈগী নুংশি ঈশৈ ।
নঙনা শক্‌খী,
নঙনা শাখীনে ।

মতম্ শাংলক্লে, তাখীদরে য়েন্নীং হুন্‌বা শৈহেক্তো
উখিদরে মরাঙ হৌবা শাথেক্তো,
নঙনা তাহন্‌খিদরে,
নঙনা উহন্‌খিদরেনে ।

ঐদি কাউথোক্করবনী অসৃক্ কুইবসী,
ঙসিদি নিঙশীংলক্লে, অদুনা - -
হল্লগেকো ।
ঐগীদী লম্‌তাগী থানিল্ লৈস্ত্রে ।
কয়াদগী মৈচাক্রোসে ঐগী,
লাল্লুবগী নকাদা ।

লৈহৌখোকো চান্নবী নঙ্‌দী - -
মখোয়্‌না নঙ্‌বু নুংশিরিবমখৈ ।
লৈহৌখোকো ,

মখোয়্‌না লৈরিদুবমখৈ ।
কংলবা মালেম্‌দা ঈরীক্ ওইরম্‌খো ।

□

তাং ৬/৬/১৯৭৬ ইং

*তরামাথোই*

# কায়্নবগী শৈরেং

ঙসিদী,
কনাসু 'নাক্তা লৈরম্দ্রে ,
ঐগী ৱারক্লবা মতম্দা
নহাক্লা 'নাক্তা লেপ্লম্বনী ।
ঐগী নুংঙাইরবা মীৎকুপ্তসু
নঙ্দী নোক্মীন্নরম্বনী ।

ঈবান্নীতগী ওইরম্বা কাসীদা,
ঐবু ঙসি করিগী ঈথন্তমক্ লৈহল্লী,
অচীক্পনা ঙসিদী ঐবু কয়াদা ওৎলবা
কাসীনা ঐবু কয়াদা ৱাহল্লবা ।

ঐনা অসুম্ য়েংই - -
নঙ্গী খূৎফম্শীং
নঙ্গী মমি তাবশীং ।

নঙ্ নৈত্রবদা,
ঙম্নমক্সী নঙ্তা ওইরক্ই,
নঙ্তগী খোঞ্জেল্ ওইরক্ই ।

নঙ্বু উদ্রবদা, য়াম্না তান্নক্ই - -
লাক্লরোই খল্লুবদা চেৎনা কোন্সীল্লক্ই,
থম্মোয়্দী, খঙ্ব্রা - -
নহাক্ খঙ্ব্রা ?
পূম্কায় কায়্খ্রে ।

ঐনা ঙাইখী - -
ঐবু নথাদা চেৎনা কোল্লদুনা
ঐবু থেল্লগনী,
ঐবু পোত্থাহল্লগনী খন্দুনা ,
নঙ্বু চৈরম্বগী মৈশা লাংলবা,
নহাক্পু হুন্দোক্লম্বগী হীক্থরবা
ঐবু য়েংদুনা ।
অদুবু নহাক্তী লাক্খিদ্রে ।

ঙসিদী খল্লক্ই,
থম্মোয়্সীনা য়ানিঙ্দ্রবসু চিংনরক্ই ।
নহাক্ লাক্লরোই,
নঙ্দী - -
লাপ্থোক্লবা ময়ি অমা থিরম্বনী ।

ঐস্ লেপ্লে,

নহাক্না নুংঙাইরগদী

ঐসু খাঙ্লগে ।

পুন্সীসিদী - -

থন্মোয়্সীদা অরুম্বসীমদী

থাংদুনা পুরবনী ।

তোন্সিন্হৌরবা

শিংননবা তাঞ্জা অমুক্ লৈররোইদবা

নঙ্গী লন্মন্ ময়াম্ অমা

তোন্দুনা পুরবনী ।

লাক্লরোই খন্না নাথৈত্রবনী খঙ্লবসু

য়েংদবদী ঙম্দে নঙ্গী লম্বী,

লেপ্তুনা সুম্ থী, নুমীৎকী মশিঙ্

অদুব্,

নহাক্না লাক্পা, নুমিৎতুদী লাক্রে ।

নহাক্ পাইয়ু হে লৈচীল্

ননিঙ্ তম্না

পাম্জবা নহৌশা

অহাঙ্বা অতিয়াদা ।

নোং চেন্দ্রীঙৈ,

শাইদাংফম্ ফংদ্রিঙৈ মতম্দু ফাও ।

ঈমালয়সীনা,

ঈরোম্নংদগী ফাওগৎলকত্রীবা মতম্দু ফাওবা

মতম্‌দূদদী,
পাক্লবা ৱাংলবা হীমালয়গী নাপোম্না
কোঙ্গীন্‌গনী নঙ্‌বু নাম্থোক্‌হন্দনা ।

□

অং ৭/১২/১৯৯২ ইং

*তরানিথোই*

## গ্রহ্সিদগী পাইথোক্খিবা সেটলাইট্ অমদগী ফংবা পাউ

---

অসেংবদী অচুম্বনী,
তসেংবনা অরান্বনী।
অচুম্বদী ফজবনী,
তসেংবনা অথীবনী।

□

*তাং ১১/৫/১৯৭৬ ইং*

তরাংম্দোই

# নঙ্বু থিবদা

ঐনা নহাক্পু থিগে খল্লক্উঙে
চান্নবী নঙ্বু থিবা হৌরক্উঙে
মখ্শীন্খিবনী,
মুৎলী মুৎলী ঙাল্লম্লা থাউমৈস্ ।

শৃক্ শুনা মম্থ্রবা থামম্লা অহীংসীদা,
থিরক্লিবনী নঙ্ভবু,
থা থরান্গী মঙাল্ লৈত্রবা লম্দম্সীদা - -
খঙ্দে কৈদৌঙেকা ফাওরক্কবা মঙাল্ ।

নঙ্গী ৱারী তারুঙে
নঙ্গী নপাউ তারক্‌ঙে
তপ্‌থরক্ত্রিবনী ঐ
পোত্থাফম্‌ লৈরক্ত্রিবনী।

ফাওরক্‌ইদো ৱাখল্‌গী মীংলম্‌দা - -
নঙ্গী মীনোক্‌
নঙ্গী চেঙ্গ্‌হী মনম্না হ্যরবা শম্‌য়াম্‌।

চান্নবী নঙ্গ্‌বু থিরক্‌পনী,
মায়কৈদী খঙ্‌দনা,
চৎলীবনী - -
নঙ্গ্‌বু থিবদা চৎলীবনী,
খোঙ্‌থাফম্‌ খঙ্‌লুবা লৈতনা
ঈখোঙ্‌সী থাংলিবনী।

হায়য়ুনে থম্মোয়্‌ কন্‌বী
কৈদৌঙেনো নহাক্কী মোল্লবা পাম্বোম্না
ঐবু কোল্লগদবা।

মা মাদুনা চৎলক্‌পা খোঙ্‌চৎসীদা
থেংনৈদো মখল্‌ মথেল্‌
- - অমেঙ্‌বা, অখোৎপা কয়া
অকন্‌বা, অথৌবা, অয়াক্‌পা কয়া - -

অদুবু চান্নবী,
তাবদমক্‌ তারোকো ওসীদী - -
ঐদী ওল্লুরবনী লৈমায়্‌দা কয়ারক্‌
লৈকৃ লৈরায়্‌দা কয়ারক্‌ লৈথেক্লুরবনী - -
নহাক্‌থক্কী, নঙ্গীদমক্‌।

অদুবু,
ঐ নঙ্তদী কাউঙম্দে ।
নিংশা চনীং চমাঙ্ শম্নদ্রবা ঐ
অমম্বসীদা মীংলম্দা পাইরক্পা
অরংবা পরেং পরেং মরক্তা
নুংশিরবা নঙ্তবু উরক্ই।

□

তাং ১৪/১০/১৯৭৬ ইং

*তরামরি*

## লবায়্গী অঙাঙ্

খারৌ লাইরৌ খঙ্দবা,
অশীৎ অবাঙ্গী নুমিদাংবাইরম্,
ইরাউ বাউবা পাম্বী ময়াম্ ইনোম্ নোম্মী ।

মতম্সীদা,
কংলবা তুরেল্ তোর্বান্ অমদা,
ফৈজোম্ খোক্পা নুপামচা ময়াম্ অমা
লাই য়েংলী - -
ইকোয় কোয়্শীল্লদুনা,
ইরিবা ময়েক্শিংদু অমত্তসু খঙ্পোৎ নত্তে,
লাইদুদা, মখোয় ময়াম্না
মমায় মমায়দু লূক্থনরদুনা
মখুদোম্বীশিংদু চুম্না চুম্না থিন্নরদুনা,

হায়নৈ - -
অসিনা ঐ , অসিনা ঐ
অসিনা ঐ, অসিনা ঐ - -
অসিনা ঐগী, অমসিমসূ ঐগী
অসিসূ ঐগী, অসিমসূ ঐগী - - ।
খঙ্হৌদে,
নঙ্ নত্তে ঐনী
নঙ্গী নত্তে, ঐগীনী - - ,
অদুদগীদী,
ঐনা হায়রিমক্তদা
ঐগীনী হায়রমক্তদা,
কিন্না থিল্লুরা,
নয়া থুদেক্উরা,
অঙাঙ্ নঙ্ হৌজনু
নঙ্ হৌজনু - - ।

অসুম্না খংবৈ খংনরম্লগা অঙাঙ্শিংদূ
মমা মমানা কৌশিন্নরক্পদগী - -
ময়ূম্ ময়ূম্দা তূশ্মিন্
মতু ইপোন্ ইপোন্ পোল্লদুনা চঙ্নখ্রে ।

লৱায়্গী অঙাঙ্ - -
মৈথূনা পূম্মম্ মম্বা,
ইনেম্ নেম্বা ইগী যুম্ মনুঙ্দা,
লম্য়ায়্দা, বোড়া অমদা ফম্নদূনা,
তূম্মীংবনা খক্ খক্ চিংলদুনা,
চাক্ লোইবা ঙাইরী ।
☐
*তাং ২৩/৫/১৯৭৬ ইং*

*তরামণ্ডা*

# মায়থীহল্লবা চীং কাবা অমগী ফিলোসোফী

হঞ্জিন্ হঞ্জিন্
বুদি কয়া থীজীল্লবদগী,
থৌরবা থৌদা
উপথ্ উপথ্ তুসিল্লুবদগী,
মশীং থীঙম্দনা
কয়া ওল্লুকবদগী
নুঙ লৈবাক্ কয়ানা নল্লেক্কপদগী - -
মশা পূম্না ঈহিং নাহিং শারবা
মশা পূম্না ঈপোপ্ পোপ্লবা
মরাইবক্ থীরবা
মশক্ থীরবা চীং কাবদুনা,
থৌ অমদা,

নুংশা মরক্তুদা
খুন্ন খুদক্ কুম্নদুনা খল্লী,
খল্লী,
খন্‌বমখৈ খল্লগা
মখৈদা খল্লক্‌ই - -
অমুক্তং পোক্ লাউনা পোক্‌খায়্‌দুনা
নৎত্রগা ফুং ফুং হেক্ কায়্‌দুনা
মচেৎ মচেৎ তামিন্নদুনা
তাঙ্গোয়্ হেক্ ওশ্নীনত্র 'দী
হে মালেম্ !
হে মীওইবা !
ওখোক্লা নুংঙাইত্রনিদা ।
□
তাং ২৬/১১/১৯৭৪ ইং

তরাতরুক

# নিংথম্ থা

নিংথম্থাগী অয়ূক্ অমা,
লৈরক্ খুল্লক্তা
হাকাম্ চম্বা,
অম্বোল্ চন্বা,
মী ময়াম্,
মমীৎ ফাক্সি ফাক্সিবা
ইন্নফি কিশি কিবা অঙাঙ্ ময়াম্ ।

অয়ূক্কী,
পায়া পোরোঙ্ ময়াম্
মনিঙ্ লৈরক্তা,
মমাঙ্দগী লাক্পা ফত্তবা মনম্ মরক্তা

থবক্ পুরিবা, য়ুম্‌গী অহল্‌শিংনা
অবু কাবা,
লাইরিক্ তন্নীবা অঙাঙ্‌শিংস্
নিংঙাই তৌবা
মরক্‌সীদা,
শৃপ্নগী য়ুম্‌গী মৌ নহাতংদী
দত্তীনা চাক্ থোংনবা হোৎনরী।

কয়াম্ কুইনবু লৈচীল্ থাখীগদবা - -
কয়াম্ কুইনবু নিংথম্‌খীগদবা !
নিংথম্‌থাগী নুমীৎ
লৈচীল্ তাক্‌পগা
নুমীৎ তাগদবা।

□

তাং ১৬/১১/১৯৭৪ ইং

*তরাতরেৎ*

# উন্নবগী মীৎকৃপ্

*খৃৎশা থেক্না*

নুমীৎ, নুমীৎতগী - -
পুঙ্জা, পুঙ্জাদগী - -
মীৎকৃপ্ !

উন্নগদবা মীৎকৃপ্পুদবু ঙাইরক্পনী,
ঈখৌলাংনা ।

থাবলগী মঙালদা
বসন্তগী রাগদা
পৃক্লীংদা ঈপোম্ লাং - -
ঙাইরক্পনী নঙ্তবু ।
নঙ্গা উন্নগদবা মীৎকৃপ্পুদবু ।

নঙ্গী চৎস্ত্রে
ঙাইজরক্পা মীংকুপ্তুগী পুম্ওন্ ওন্ননা,
ঐবু থনমদুনা, লম্বীগী চিদাইদা লেপ্‌হল্লমদুনা

□

তাং ২১/৭/১৯৯৩ ইং

*তরানীপাল*

# পৃথিবীদী উঙ্লী

নোংম্মা ঐনা,
লোংখ্রাক্ লোংনা হীপ্লীগী,
নোং লৈত্রবা অহাঙ্বা অতাম্বা অতিয়া য়েংলিগী,
লুম্রাবী মচা চন্দ্রকংনাদো
নাম্ফোক্পুনা পাইথোক্খিবনী
উরু উরু উঙ্লীবা পৃথিবীদগী
কৈদনো অমা,
( অপীক্পা থবাম্বীচাক্ অমদা )

মানা শাগংবী
ঐ নাম্ফোক্লকবনী,
তুম্শিল্লবা, তংকদৌরবা
মেরু দণ্ডদা উঙ্লীবা পৃথিবীদগী।

মানা ৱাবীশীবনী,
পৃথিবীনা মাগী পুংজৈদগী
তৎতুনা পাইথোক্লক্কদবা মীৎকুপ্তুগীদমক্ - -
সৌরজগৎ লাম্না,
চিংশীন্নবগী শক্তী নম্হৎশীদুনা
তৎতুনা পাইথোক্লক্‌পা প্রোপেল্লর ।

খঙ্দ্রবনী,
কদোম্ চৎশীগদবা ।
মীৎকৃপ্পুদা,
মঙোন্দগী চঙম্ শানা ওগ্নীবা
মীওইবা, মী, শা - -
ঙম্না,
প্রোপ্ প্রোপ্ শীক্থরগদবনী ।

ওহ্ঃ
চিংশিন্‌বগী শক্তি
অসুম্ অসুম্ হম্থরক্লীবা,
উঙ্‌বগী শরূক্ অসুম্ হেন্‌গৎলক্লীবা,
পুংজৈনা অসুম্ তুম্‌শল্লক্লিবা !
□ .
তাং ৭/৯/১৯৭৫ ইং ।

*(Courtesy : 'মিংশেং', নহারোল্ সাহিত্য সভা, ইম্ফাল্ ।)*

তরামাপল্

# নিংথৌ তুরেল্দা
# হিহোন্বা অমগী ৱাকৎ

হে নিংথৌ পিগ্মেলিয়ন্

নুংশি মকা মায় পাক্খিবা
তাও, ঙসিদী, ঐগী মায়থীবগী ৱারীসে।
নঙ্দী,
নুংশিবগী লাইরেম্বী এফ্রোদাইট্পুসু,
লায়না থম্মোয় হূৰীবনী।

অদুগনে,
ঐদী শক্হেন্বা গ্রীক্ পাখং নার্সীসকুম্
পেছোক্লনা ফম্বসু ঙম্দে, ঈমিসী য়েংদূনা,
নংত্রগা, ওমর খায়াম্গুম্ য়ু ঙাওবা,
শায়র লীশীং কয়া মীৎকি পিরাং ঈচেল্দা শিম্থহন্বা,
অদুগা শিরবা তুংদা,
মোংফম্দা য়ুগী ঈরীক্ থীক্পীয়ু পাউমেন্গদবসু নত্তে।

চান্নবী, অদুগুঁ নহাক্না মোন্তিয়েথ্ রোড তা
হোটেল্ সুদর্শন্গী পাক্লবা লৈমায়্দা
মচু মমেল্না হৎলবা লংলবা অহীংদুদা
সেক্সাফোন্গা য়ান্নবা সূরদা
শক্খীবা ঈশৈদো,
নুংশী,
থম্মোয়্শী নিক্হল্লী
খোঙ্গাঙ্ যৈরী ওসীস্ ।

অদুগু, ওসিদী ওয়্মক্ তাম্ব্রেদো,
কয়াদা কুইস্রবা নঙ্গী চেঙ্লৌ উরক্লবনা ।

নহাক্ উন্নরুবনা ঐবু ঙাওহল্লে
নহাক্ চৎখীবনা নঙ্তবু নিঙ্শীংহল্লে,
উন্নরিঙৈ খল্লুদে, কায়্নরবদা নিঙ্শীংবতা ওইরক্লে ।

নঙ্দী কাউরন্নগনী,
নোংমা লৈরম্বদাই নহাক্,
খুল্গী ঈশিং খোংদা, মোমোন্ নোক্লুনা

নোংমনা কোক্তা সম্ য়াল্লদুনা চৎখিবদাই,
খোঙ্থাং তপ্না - - , চীক্লবা খুন্য়া লম্বীদুদা ।

নঙ্দী খঙ্লীরোইদো চান্নবী,
নহাক্না চৎখিবদা খোংদগী
য়াওখ্রবনী থবায়্সু ঐগী, নহাক্কী ঈশিং পুন্দুদা ,
হে নুংশি হৈতবী, হায়্য়ু - - -
থবায়্ য়াওদ্রবা হক্চাংসে ওসি করম্না হিংখোগে ?

নঙদী থম্মোয় পান্দবীনী - -

তাও, ঐহাক্না অহীং কয়া নঙবু নিঙ্শীংবদা
মচেৎ তারবা থম্মোয়সী পায়শীন্দুনা
শিঙ্খরক্পা পিগী ঈচেল্লক্তা
বাখল্গী হীমায় চুম্বা লাক্লখিবনী।

ঙসিগী তেংথাবগী অহীংশিদস্
নহাক্তী থবায়না তাজবা মকা
নুংশিবা মাগী পাক্লবা মথাদা নমায় লোৎতূনা,
তাউরম্গনী স্বগগী ঈঙ্লবা সূরদা।

ঙসিদী ঐগী মীৎতা শিঙ্খনবা পি অমুক লৈত্রে - -
থম্মোয়গী মৈচাক্, চৈনানা থল্লবা পুন্সী,
ঈখেং তানা পঙ্থরবা হক্চাংসীদা চৈনা অমুক্ ফাওরক্তরে - -
মচেৎ তারবা থম্মোয়সিদা মৈচাক্ অমুক্ পোক্লক্তরে।

নৎত্রদো, তাংখুল্ পাখঙ্ নহাক্না থম্মোয় নীক্খীবস্
অদুঙৈ নুজাশিংগী শাইনোক্লক্ - -
নুংশিবা চীংগী লৈনম্ য়াম্নবা
ঈঙ্লবা মালঙ্ শহুম্লক্তা
শক্লক্খিবা, লৌরাং ঈশৈ।

কলাম্পু কুম্মেদা,

শাংলবা তা পায়দূনা খৌশাখিবা
হে খৌনা ফবা,
নহাক্তী নিঙ্শীংলিগনী, লম্দম্সীগী নুংশিবা বারী,
চায়োক্ নাউয়োক্ ফবী ঈমাগী বারী,
মীখা পোক্লক্খিদবা কংলৈ বারী।

হে নোংপোক্ নিংথৌ, তাংখুল্ শায়োন্‌বা,
কদায়্ নশাবী পাদ্ছোয়্‌বীদা !
নহাক্ থক্ ,
নুংশি নঙ্‌গী নহাক্‌থক্,
নুজা শিফম্ নাইখিবা
কাউরবরা হল্লান্‌বীস্রবা নশাবী !

অদুবু,
শিমদী খঙ্‌উ নুংশি খঙ্‌দবী,
মালেম্‌শী নঙ্ ঐতগী নত্তে,
থোক্লীবা নুমিৎ থা, নঙ্ ঐতগী নত্তে ।

নোংমসু, থাবল্‌গী অহীং অমদা
লেপ্‌হৌবদাই নহাক্ য়ুম্‌গী শাই মরুম্‌দা - -
তাম্‌ত্রবদা,
শক্লক্‌খিবদাই,
থম্মোয়্‌বু থিন্‌গায়্‌হন্‌বা থাবল্ ঈশৈ
মেঙ্‌লবা থাবল্ ঈশৈ ।

ঐনা শুসি তারীবসু নঙ্‌গী থাবল্ ঈশৈদুতনী,
ঐনা শুসি উরিবসু নঙ্‌গী শুক্কৎপা মায়্‌থোংদুতনী,
অদুবু, নুংশিথোইবী,
নঙ্‌দী তাম্‌ত্রেদো
লৈচীল্‌গী খাংমদা
চুম্‌থাঙ্‌গী মরুম্‌দা ।
□

অং ২০/৯/১৯৮০ ইং

*কুন্*

# থাদা গ্রহণ্ তৌরিনে ঈমা

ঈমা, নঙ্দী কপ্লিদো লায়্রবী !
চোৎনক্লবদা, নচাশিংগী ঈতনা নতম্বাক্ ।
শিদ্ধৌ ঈমা, মীৎনু পিরাং পাঙ্গল্ শোল্লবী,
কপ্পু ননিঙ্ থুংনবা, পাম্বৈ নৈত্রবী ।

য়েংখো ঈমা পেন্না,
ঈখেঙ্ তারবা থবায় য়াওদ্রবা নচাশিংগী হক্চাং
য়েংখো, মথং মথং হাপ্লক্লিবা নতম্বাক্তা ।
কনানবু য়েংনীংগদগে নচাশিংবু নঙ্ নত্তনা,
কনানবু য়েংঙম্গদগেনে নচাশিংবু নঙ্ নত্তনা ঈমা !

তারিবরা,
ঐখোয়্দী থাবল্ চোংলিদো নুংঙাইনা ।
নখোয়্দী - -
ঐখোয়্গী হয়েংগীদমক্ চৎলবনী হায়্বদাই,
নখোয়্গী ঈনা আবের ওইনা চাইরম্ ।
হয়েংদ্ ঙসিসী ওইদ্রিবরা ?
ঐখোয় ঈশৈ শক্লীবনী, অদূনা ।

নুংশিবা ঈমাগী তম্পাক্তা ঐখোয়্না থাবল্ চোংলী ·
নুংশিবা ঈশৈগী সুরদা তাউদূনা,
নুংশিবা প্রম্গী তান্দা নেৎতুনা,
নুংশিবা সাবীগী খুজেং পায়্দুনা,
নুংশিবা সানৌগী নাক্তা চৎতুনা,
নুংঙাইনা, য়াম্না নুংঙাইনা ।

অদুগা অঙম্বশিংদা, অঙম্না উৎপিরক্লবা
লুপা মপুল্ পূদুনা চৎলী, ঐখোয়্
অঙম্না ওইবা য়ানবা
অঙম্না মরক্তা ।

অদুগা মঙোন্দা য়েংদুনা
থৱায়্শিংবু ঐখোয়্না য়েংই ।
অদুগা মঙোন্দা য়েংদুনা
পুন্সিশিংবু ঐখোয়্না য়েংই ।

অদুগা হীদাক্শিংস্ হূ ওনম্লবনী ।
ৱায়েন্শঙস্ মমম্লবনী ।

ঈমা, মালেম্সী তম্থী,
হাঙ্লবা পাক্লবা নোংমদোন্দা,
মনিঙ্ তম্না পাইবা ফংজখিদ্রবা চেক্লা- চা,
লৈন্নৈদুসূ - - , লূরবা লাইজ ঈরোল্লুং ।
□

জং ১১/৩/১৯৮২ ইং

*কুম্মাথোই*

# বেবী রাণী

বেবী রাণী

চেগায় পায়রগা ঈশৈ শক্‌ই,

মোৎলবা ফি শেৎতুনা (ময়াঙ্ কংলবী ),

৯১০৫ অহম্মদবাদ্ দিল্লী মেল্ - -

৯২২৩৩ এ গী বোগীদা,

তিংথোক্লিবা - -

নুংশিরবা অপীক্‌পা খূৎতুদা,

ময়াম্না শেল্ থাদৈ ।

নোংমসূ নহাক্,

মোৎলবা বোরা য়াম্নদুনা,

হয়িং ওন্নীবা মপৈদুদগী
প্লাষ্টিক্, কৌতা খূল্হৌই ।

অদুগা নোংমনা,
লাইবক্লা নত্ত্রগা মীওইবগী খুৎচাওনা লংশিন্বীবদগী
পুলিস্ তান্গী জালী মরুম্দা
নহাক্ চৎখীবদাই,
য়ৌরুক্ফম্ খঙ্দ্রবা খোঙ্চৎতুদা ।

অদুগা নোংমনা,
এয়র কন্দীসন্ ফোরেন্ কারদগী কূম্থবগা
মম্মীনা নুংশিনা কোন্দুনা চূপ্পা ।
নহাক্লা মম্মীগী খজাইদা চূপ্পা ।

ঐহাক্লা উরি ..
নোংমা নহাক্লা মীপূম্ তিংনা ঙক্হন্দুনা
টিঃ ভিঃ দা ঈশৈ শক্লকখিবা ।

রাণী ! বেবী রাণী !
নহাক্কী শক্লোন্ অমত্তমক্ উনিংই, ঐনা
নঙ্গী শক্লোন্ অমত্তমক্ ! লম্দম্সিদা ।

ঐদী নঙ্গী
তনৌ তনৌবা নশক্তুবু নুংশি
নঙ্না মীয়াম্গী মণীগুম্ ঙান্বদূ পাম্মী ।
□

অং ৩১/১০/১৯৯৮ ইং

*কুন্নিথোই*

# পাউদম্নখো

হে কংলা,

নঙ্গী লম্‌দম্‌সীগী মৈহৌরোল্‌নী,

নঙ্গী লম্‌দম্‌সীগী পুৱারীনী ।

নত্তবরা নশাইগোন্‌, কংলৈ খুন্‌শেম্‌ লৈশেম্‌খীবা,

নত্তবরা নতম্বাক্‌, কংলা ফম্বাল্‌ লাংনখিবা ।

নঙ্গী উহৌবা নৎত্রা ঙম্না, লম্‌দম্‌সীগী থৌদোক্‌শিং,

তাহৌবা নৎত্রা ঙম্না, লম্‌দম্‌সীগী নুংঙনবা ৱারীশীং ?

অদুঙৈ কংলৈ খুন্‌শেম্‌ঙৈদা,

লৈশিরেন্‌ লৈপুনবীনা অৱাং অপা লৈতা পীজখিবদাই লাইয়াম্‌দা,

হে কংলা নঙ্গী নশাইগোন্‌ , অনৈ চাক্‌চা য়ুকৌপুঙ্গদা ।

অমুক্সু শগোল্ কাঙ্‌জৈরোয়্ লাইয়াম্বু য়ুরাংখিবদাই - -
লৈমরেল্ লাইসনানা, হরাওনা তয়াম্না, নশাইগোন্ ।

উহৌবা নত্তরা মসিসু,
পোইরৈতোন্ দগী - -
পোৎমুন্ ফিমুন্‌খিবা, লোল্লাং পাখংবনা ।
খাবা লৈখোঙ্ কায়্‌খীবা অদুগৈ,
নোংদা লাইরেন্ পাখংবনা হুইয়েন্ লান্‌শৌরক্,
কেগে চাউবা সৌপাল্ ওম্‌বা মেল্লৈবা, খোঙ্‌বু ওই,
কংলা নঙ্‌গী নুংজেং পুন্ত্রী মপান্দা,
তেম্মৈ লাক্লা ব্রায়্‌রা তেন্‌ব্রায়্‌থবদী,
খাবা খুব্রাই নুংচেন্‌ববু য়াইবী লৌখীবা নত্তবরা ?

নহাক্ হরাওনা, থম্মোয়্ মকা লাম্না য়েংখিদবরা ?
লাংশঙ্‌দা,
নোংদা লাইরেন্ পাখঙ্‌বা, লাইসনা
লৈমা নিংথৌ অনীনা,
য়েংকা ওয়্‌গা ফম্, ফম্বাল্ তোংখিবা ।
লৈবাক্ চাহোঙ্ ঙাহোঙ্‌খিবা,
ঈশৈ শৈরাং শৈদম্নখিবা,
জগোয়্ খুৎথেক্ নোয়্‌খীবা, থম্মোয়্ মকা লাম্‌খিবা ।

নহাক্ তাখীদবরা - -
অহীং নুংখিল্ খায়্‌দা, কংলা য়াইপুঙ্ থীন্‌বা,
লান্‌গী লান্‌বুঙ্ য়েবা ।

কংলা থোন্ তরেৎ থোল্লাংমৈদা,
কংলা লাইব্রা পরীং তম্বদা,
কংলা লান্‌বাউ তম্বদা ।

কাউঙপ্পরা অহীংদো - -
জগোয় রাসকী সূত্রগী শৈহেক্,
নূপুরগী খোঞ্জেল, শেংলবা শঙ্খগী ধ্বনী,
প্রেম্গী, ভক্তিগী ঈচেল্দা, ঈপোম্ ঈহৌনখিবা, নশাইদা।
তম্থীখীবা অহীংদো!
মহূ চেন্বা নোংমৈ মখোল্!
থম্মোয় কায়্বা মীকপ্ মীরাও,
খাঙ্গী মৈহৌবদাই, খাঙ্গী মৈথাবদাই।

নচাশিংনা খাঙ্গী মৈহৌরক্,
কেন্খিবদাই উত্রা মাঙ্, অঙৌবা মকোক্ মঙা,
লৈরোল্ চন্খিবদাই লুরেল্, নুঙ্গোয়্বীদা নঙ্গী।

অদুগা কাপ্খায়্রক্পদা, কল্লক্ খোক্রা,
নিঙ্খায়্রক্খীবদা কংলা শানা, শিংকূপ্ শানা।
নঙ্ কম্দৌখী,
মলেসকী বুংনা নথবাক্তা নেংথরক্পদা,
অরাংবা ফীরাল্না নথম্মোয়্দা য়ুংশিল্লক্পদা।

কংলা নশাইগোন্সীদা নংত্রা,
লাক্চবা য়াবক্তবা নচাশিংনা, মীখা পোন্বা হৈরক্তবা নচাশিংনা,
খুদুম্ তানা, খচীক্লনা, মায়্রোং য়াখীবা,
মশীংদী য়াম্দা, ঈপাক্ অমা থেংনখিবা।

ঙসিসু খোম্থাঙ্ য়ৈরী, বৃন্দাম্চন্দ্রগী লাইকোন্দা,
ঈবুংসি কোইরেংগী লাল্লাউ,
কংলৈ চনু মাগী থম্মোয় নীক্পা খোল্লাউ
মরৈবাক্ কন্নীংবগী, মৈচাক্ পুঙম্দবগী, থম্মোয় কায়্বগী।

নহাক্ উখিদবরা,
নিঙ্তম্ লান্গী লম্বীদা ফীগাও শানা নিখীবা মমাশিং,
তেক্তা কায়্দা শিন্নরখো মচাশীং, হায়্জখীবা মমাশিং,
উখিবরা, ব্রজবাসীনা অমুক্ হন্নক্পা,
ফীজীগী মগীশিংবু শিন্নরবা,
পলেম্গী তম্বাক্থক্ হাপ্পবা।

অদুঙৈগী লান্ফম্শিংদা মায়্কৈ অহুম্গী,
ঈমা নঙ্গী তম্ফা লীক্ফাঙ্ লীক্ল চোইনা কেন্খিবা,
মচা কায়্নরবী মমাশিংগী মীকপ্খোল্ !
মপুরোইবা শেৎনরবী নুজাশিংগী তেংথাখোল্ !
মপা মুন্বীপ্রবা লম্জাশিংগী ৱাকৎখোল্ !

তাখিদবরা, নহাক্ উখিদবরা, হে কংলা !
কম্দৌখী,
নঙ্দী, চহী লিশাং শীৎনা খোংউপ্ বুৎনা নেৎশীল্লক্পনা,
চহী লিশাং শীৎনা খুৎতৈ মায়্তৈনরক্পনা,
করিস্ ফাওরক্ত্রবরা, নঙ্দী পঙ্থত্রবরা ?

নহাক্তী,
নুঙ্গী, লৈবাক্কী থম্মোয়্নীনা হে কংলা !
করিসু ফাওরক্ত্রবরা ?
নঙ্গী গর্ভনুংদা, চহী লিশীং কয়াগী ৱারী ফুম্খ্রবস্,
নঙ্গী লৈমায়্দা, মুৎফদ্রবা দাগফম্ কয়া হক্খ্রবস্।

হে কংলা, অমুক্তংদী পাউমেন্নখীসী,
অমুক্তংদী তন্নখো, নঙ্গী নপাউ,
অমুক্তংদী লীরখো, নঙ্গী ৱারী।

ঙসিগী তুজুংলবা নুমিৎসিদা,
মালেম্সী মম্থীবা, কোরৌনা তাম্বীবা,
ফৈদাপুঙ্, পিরাংনা চোৎথীবা - -
অথৌবশিংবু খোংগোয়নখিবা,
মরৈবাক্ নিঙ্বশিংবু কেম্দোইহন্খিবা,
মজাতি নুংশিজবশিংবু হাম্চৎনহন্খিবা
নীল্লাং নীল্লু চোইজাইনহন্খিবা।
□

তাং ১/৮/২০০০ ইং

*কুন্হমদোই*

# মেলা

চাউত্রবা মেলাসিদা,
ঐনা সূম্ চৎলক্লী, সূম্ য়েংলক্লী,
মেরী গো রাউন্দ সূ তোংলুই, তপ্লসূ উঙ্বা, কন্নসূ উঙ্বা ।
ওইদা পাদা ময়াম্ অমনা পঙ্থহন্বা, মেজিক্ শোসূ য়েংলুই ।

ঐনা নঙ্বু থিনা থিনা লাক্পনা
ষ্টোল্ কয়ামা লাল্লক্লে,
অচা অথক্ থন্না চোন্না পৈরবা,
অরূ অহেন্ কয়াগী মপৈ মপৈ - -
অঙাঙ্ কয়া, অহল্ কয়া চৎলী,
হরাউনা নোক্লী ফজবী কয়া, নিংথীবী কয়া,
কপ্লী মপাং কায়্নরবা অঙাঙ্না, মিপাইনা চেন্দুনা ।

অদুবু থেংনদ্রে, ঐবু পুশিন্বীরম্বা নঙ্দী,
নোংমৈ কাপ্পী, রিং লংবী, ঐনা চঙ্লুই ।
খুবাক্ প্রোপ্ প্রোপ্ খুবী লাইধিবী
মোটোর সাইকল্ থৌবা সুরুংগী খোঙ্চৎসূ উরুই - -
লৈনা লৈনা চৎপা, পম্বুংদী শুক্য়ৌ য়ৌদবী ।

লৈরাং কয়া শাংলীবা মরক্তা,
ফজবা ফীজোল্ কয়া থেল্লিবা মরক্তা,
চেক্লীন্দুনা য়েংলুই নহাক্ য়াওবরা ।

থোক্ফম্ গেট্ য়ৌগদবদী থাপ্লল্লরোই,
অদুবু ঐদী চৎলী, ষ্টোন্ ময়াম্ য়েংলী,
ঙাইহাক্সূ কাউথোক্লুই, ঙক্লবা অথেন্পোৎ উরুবদা,
অদুবু নহাক্কী থেংনদ্রে, মায়্কৈস্ ঙাওখ্রে ।
অদুবু চৎপদী লেপ্তে, ষ্টোন্ অমগী মথংদা ষ্টোন্ অমা ।
অঙক্পা অমগী মথংদা অঙক্পা অমা,
নঙ্বু থেংনদবগী মৈচাক্কা লোয়্ননা,
লম্বী খঙ্দবগী মিপাইবনা নম্বুরদুনা ।

□

তাং ২৮/১০/২০০০ ইং

*কুন্মরী*

## কাউশীং ওইনা তাউজগে

ঈমা কয়াদা নীংথীরবা নঙ্গী লৈকোল্সে,
লৈরাং লৈখল্ শুনা ফুগায়্না শাংলীসে।
অশংবা নাপীগী ফিরাংজী গলিচা,
খোইমূনা গুংলিবা লৈকা বুদীং - -
মচু মমেল্গী কুরাক্ কয়ানা কোয়্না পাইরিবা

পামেল্গী মনা পূংবা উফেদা চেক্লা- চা,
থম্মোয় হূবা সূরগী খোঞ্জেল্,
পাল্লিবা তাউজীং হৈরাং চীন্দম্হে।
লৈনম্ চেন্বা অয়ুক্কী নামিবা,
তাম্থা চাবা ঈচেল্গী ঈরাউখোল্।

ফজৈদা ঈমা, থম্মোয় পেঞ্জেদা,
কোরৌগী মশেক্তা, লৌরাং ঈশৈ,
ঈচেল্ গী ঈমায়্দা নচাস্ তাউজগে,
শিরোইগী শিংঙেল্ লৈরাংবা য়াওজগে ।

মেরাগী থাবল্না ঈপোম্ হৌসনু,
কুম্গী নোংনা মালেম্দা খীক্থরক্ - -
কুম্হৌসনু মাল্হৌসনু শজীবু থা ।

লাংবন্গী অনৌবা হৈরাংনা, নুংশিবা লৈরাংনা
পেল্লুকো লাইওইবশা সনা লম্দম্ গী ।
চীংনুংগী সূর তম্গী শৈরোল্ থম্মোয় হূবা,
ঈচেল্ ঈরোয়্নরিবা ঈরম্ ঈরীক্ পূম্বনা,
তিল্লরে লোক্তাক্তা - - , শীন্থীসনু সাগরদা,
তাউথজগে ঐস্ কাউশীং ওই ঈচেল্সীদা ঈমা ।

□

তাং ২৮/১০/২০০০ ইং

*কুন্নমঙা*

# নদোম্ শাৎলূ ঈঙাল্লে

শর্মিলা !

নঙ্গীদমক্ করিসু তৌঙম্দবা ময়াম্শিনা,
থম্মোয় খুদুম্ শুজে, মৈচাক্ খাঙ্জে ।

ঐনা খল্লী,
ময়াম্সিনা হৌগদবনী, মীয়াম্ হৌগদবনী,
ময়াম্সিনা তৌগদবনী, মীয়াম্সিনা তৌগদবনী ।

ঐনা শাউজে,
ময়াম্সিনা হৌদ্রিবা করিগী, মীয়াম্সিনা থোক্ত্রীবনা করিগী।
ঐনা মৈচাক্ খাঙ্জে,
মীয়াম্সি খঙ্মন্দে, মীয়াম্সি লায়থোক্মল্লী ।

অদুনা ঈঙাল্লে,
নহাক্ শাৎলূ, মীয়াম্গীদমক্ - -
চীংনুংদা, অহাঙ্বদা ।
ঐ য়াওদবা ঐগী লম্দম্সিগীদমক্ ।

☐

*তাং ২৪/৬/২০০৪ ইং*

কুন্তরুক

# উন্ননিঙ্বা

অমম্বা অঙান্বা অনীগী মরক্তা
অমম্বসু নত্তবা অঙান্বসু নত্তবা নঙ্বু থিরী
অমম্বা মরক্তা অঙান্বা মরক্তা ।

অমম্বদা ঙাম্প্রেক্রক্ই,
অঙান্বদনা মম্‌শিল্লক্ই,
অদুবু থেংনদে, নঙ্বুদি
থব্রায় পাম্বা পান্দবা অনীগী মরক্তা
পোংশক্ অমসুং অহাংবা অনীগী মরক্তা
থব্রায় পান্বসু পান্দবগুম্
থব্রায় পান্দবসু পান্বগুম্
পোংশক্সু অহাঙ্বগুম্
অহাঙ্বসু মশক্ নাইবগুম্
অদুবু নঙ্দী লৈ,
ঐঙোন্দা তত্তনা হায় ।



তাং ২৪/৬/২০০৪ ইং

*কুন্তরেং*

## সন্ধ্যা

হে সন্ধ্যা !
নঙ্গী ঙাঙ্ঙানবা মঙাল্দা, কয়াদা ময়াই চেল্লিবা ,
নঙ্গী মেংথরক্পা মশেক্তা, কয়াদা হক্চীক্ লাংলিবা ।

নঙ্গী নতস্বাক্তা কয়াগী মতীক্ ঈঙ্ত্রবা,
পূম্নমক্পু কোম্সিল্লিবনী, নাউথেম্ ঈশৈ শক্লীবনী,
পোত্থাবগী, শান্তিগী, অহৌবা অমৈদমক্ লোইহিল্লিবনী ।

ঙসিদী সন্ধ্যা,
কয়াদা ঈঙ্লবা, লাঙ্লম্বা নিল্লম্বা পূম্নমক্ লোইত্রবা,
ঙাল্লিঙৈ, মৈশা লাংলিঙৈ, চেল্লম্বা ঈশৌ লাংলম্বা পূম্বা

নঙ্গী পীক্লবা থাউমৈ, নুংশিরব ধূপ্কী তাইবঙ্দা,
মঙ্গল্গী ঈপোম্ ঈহৌরক্লীবা, নঙ্গী লোম্নাইদ্রবা ঈচেল্দা,
লোম্নাইদ্রবা মঙাল্গী শাফোঙ্লক্লবা অনৌবা অমূক্ অমদা ।

মিপাইরম্বা অঙাং ওইরিঙৈ, তহা তহারম্বা খোঙ্চৎতুগী,
লৈখিদ্রে ঙসিদী অমুক্, তয়াংলম্বা শক্বঙ্দবা মহাক্কী,
ঙাইহিবনী অমম্বসিদা দেবী, নঙ্গী মায়াগী মরুম্দৈ ।

পীক্লবা কেগাম্ থাউমৈ মরুম্দৈ, য়েংলী ঙম্খৈ নাইদ্রবা মঙাল্দা,
অখঙ্বদৈ খঙ্দবদা, অতাবদৈ তাদবদা, অউবদৈ উদবদা,
চেন্থ্রী ঈরম্সিদা তোর্বান্ অনীগী, অহৌবা উদ্রবা ঈচেল্গী ।

কয়াদা নুংঙাইরম্ত্রবা চোক্থবসিনা,
ঈপোম্ হৌরকত্রবদা ঈচেল্সীনা, ঈপাক্ তম্লক্লবদা ঈরম্সীনা,
মপ্লো সন্ধ্যা, অঙান্বা অমগীদমক্, হে সন্ধ্যা, ঐগী সন্ধ্যা ।



তাং ১৭/৪/২০০১ ইং

*থোক্লবা লাইরিক্ :*

১। ঐনা খঙ্বিবা মধুমঙ্গল্ শর্ম্মা

*(বাইওগ্রাফী)*

২। ত্নোম্জাইনাগী লম্দম্ মিজোরাম্

*(লম্কোয় বারী)*

৩। বাইকুপ্ পুথী

*(শৈরেং লাইরিক্)*

